লাইনি হায়তুনা থুরুম্মী। মিৎনা উবা লাই মুমিংকি মরোং শক্তম লাক্তুনা শেঞ্জেং কোনশেংনা, মৈদা ফুদোংতুনা হৈরগা সনামহীগী শক্তম লিংখৎতুনা ঈয়াংলি। মসিবু লৈমরেন ঈশ্বাইফু লাংপা কৌই।

উমং-লাই অমসুং য়ুম-লাইগী মরমদা লৈনরক্নী। অতুদি লাই হায়রিবা ৱাহৈ ( term ) অসিমক্তি — করিনি, কমদৌই হায়না খংগদগে! খংদনা থাজবা হায়বতুসু মিৎতাংবনা লমজিংবগুম থোকই। লাইগী মরমদা নৈনবা তারবদি — লাই অমসুং লাইনা তাইবং শেম্বগী মাগী য়াওবা লাইরিক্তুনা রায়েন কাত্তি ( Authority ) ওয়তুনা লাইবু থিবা তায়। পাখংবা শকোক কংলৈয়োনগী লাইরাগী শরুক অমনা শেমখিবা, তাইবংপান অমসুং তেংবানবগী মরু লেম্ফু নৈনবা "লৈথক-লৈখারোন" ( Teleology ) কৌবা লাইরিক অতুদা লাইবু—"লৈতবনা-ফুনবা" হায়না তাকই। লৈতবনা-ফুনবা হায়রিবা অসিবু পুকচুংদা থুনজিনবা ( Concept ) তারবদি—মিৎ-নানচিংবা অথংবা কায়াংশিংগা মরি লৈনত্রবা (not an object of the sensuous intuition) অতুবু চৎনবী লোম্না লৈতবা কৌরে। ফুনবা হায়রিবা ৱাহৈ অসিদি, পিকথনবা (all-pervading) হায়বনি। অতুনদি অতুম ওয়তুনদি লৈব, মিৎ-নানচিংবা অথংবা কায়াংশিংদদি ফাওবা ভমদবা অতুবু লৈতবনা ফুনবা (being formless) হায়না খংসি। অতুমদি লৈবা পোৎ—উবা, পায়বা শোকপদি ভমদবা (The object of a non-sensuous intuition) অতুবু, মীতৈগী কংলৈয়োম্না লাই কৌই। বেদনা ব্রহ্ম কৌই।

লৈথক-লৈখারোন হায়রিবা লাইরিক অতুদা, তেংবানবা ( phenomenal world ) অসি, থুগায়রগা লৈতবদগী হৌই।

মতম্না থুডাহনা হুম্বিং, থা, অপকভা পুন্নমক মাংখ্রে। মপন্থু, মহৈস্থু, মনিনস্থু লৈখিদরে। মৈস্থু মৈশা লাংখিজ্রে, ঈস্থিং ঈরং হৌখিজ্রে, হূংশিং মরম কাংখিজ্রে, লৈপাক মহোন চোংখিজ্রে, অতিয়াস্থু হাংহৌহনা মকমদা ঙায়হৌরে (mere blank)। মাতোমদা ঙায়হৌরে, মাবুদি করিগুম্বা থৌরম অমনা থৌরকপা নত্তে হায়রহনা অঙায়বা (causeless) কৌই। ঙায়হৌরিবা অহুদি মকমনি। মকম অহুদা কোম্নুং ওয়হনা, ওয়রকদবা পুন্নমক শিন্দোরকই হায়রহনা "উংথোক্তবা কোম্নুং" (noumenal world) কৌই। মকমতা লৈহৌরবদি—লৈহৌরিবহুমক মতম্নি। "মকম মতম" অনিসি মকমগী মমুং, মরাক, মরেপ কৌবা মরোং অহুমগা; মতমগী মমিং কৌবা অমগা শককম মরি অসিনা মশা অমতা ওইনা পুনশিনখিহনা "কম-তম" কৌখি। (Space-Time :—The four dimensional continuum including the three dimensions of space--length, width and height and one of the time; the unity of space and time) কম-তম হায়রিবা অসিদি মাংহনবা ঙমত্রবা "মাংত্রবা-পোৎ" eternal object :—synonymous with plato's "Idea" or Aristotle's "Form" ওয়হনা অতম লৈরিবনি।

মতমদি—নাহমনি (Medium)। করিগুম্বা পাঙ্গল অমা হূদোরকইবা অহুবু "না" কৌই; পাঙ্গল অহুগী হূদোককম, লেতককম অহুবুনা "হুম" কৌই। থৌদোকশিংনা মথং মথং ওয়রিবা নত্রগা মথং মথং উংলরিবা অহুগী হুম্বককম (পাঙ্গল হূদোককম) অহুবু মতম কৌই। (Time :—The general medium in which all events take place in succession

or appear to take place in succession ) মতম হায়রিবসি করিনো হায়দুনা মাগী মরমদা হেক নিঙ্ঙবদা —মপুম ওয়বা মপান নায়রবা অমত্তা ভায়বা মতমতুগী—মশিং লাকডমত্রবা শরুক মচেং-শিংনা মাংদা হেক্তা চেনখিবা (moving toword) অমা নত্তনা করিস্নু নত্তে। মাংগা, তুংগা তৎনদনা অচুম উংতুনা লৈবা (eternal recurrence) অমা নত্তনা করিস্নু নত্তে। উংতুনা লৈবিবা মতম অসিনা, অভায়বগী ময়ায় পাঙ্গলশিংতু অহানবা পুনশিনবা হোই (Existance :—The mode of being which consists interaction with other things ) অতুনা মতস্নু মীতৈনা, (ম = মানা+তম = তম্মী) হায়দুনা – অপোকপা কোই। "তম" হায়রিবা অসিদি উংথোকপা ( event or appear ) হায়বনি। পাম্বীগী মপান তম্বা, লাইনা তম্বা অসিনচিংবদা সিজিন্নরিবা তম অসি উংথোবকপা, পিথোরকপনি।

মতমদা কুপোরকইবা ময়ায়-পাঙ্গল অতুবু মীতৈরোম্না লাই কোই। যেদনা ব্রহ্ম কোয়ুম্নু। লাই হায়রিবা ব্রাহৈশিমক—মানা অমদবা লৈতে, ওয়রক্লীবা পুন্নমক মভোম্পদি পুন্নায় লায় হায়তুনা খল্লাহনা মাবু লাই কোই। লাইগী ময়ায়-পাঙ্গল অতুস্নু কুপোককম (Medium) অমদগী কুপোকত্রবদি য়াদতুনা ময়ায়-পাঙ্গল মশামক্লা কম-তম (মকম-মতম) ওয়খি। মকমদা মতম্না উংতুনা ময়ায়শিং অতু শুংজিন্দুনা ( Combination ) উংথোকবা কোয়ুংদগী ( noumenal, world ) উংথোক্লবা তেংবানবসি )phenomenal world ) ওয়। তেংবানবা হায়রিবা ব্রাহৈশিমক—অমগা অমগগী মতেংনা পানবা (Interaction) হায়বনি। লাইনিংহল নাওরিয়া কুপোনা—"মভাগী পাওবু মপুনা হায়খি, মপুগী মভোং

মঙানা পাংখি মঙাবু মপুগী মশানি, তরুকশুবদি মমিনি" হায়রুনা মপুগা ( লাইগা ), মঙাগা ( পঞ্চ মহাভূতকা ) উৎথোকপা, উৎ-থোক্কবা অনি থোকই। ( Kantian dualism :— of the noumenal and the phenomenal )। মঙা অত্নদা মপু চঙাগা তরুক শুরে। তরুকশুবদি "মমিনি" ( Semblance ) হায়রুনা তাইবংপানবসিবু মপুগী শকুম মমিনি হায়না তাকই। তেংবানবসি নঙনা লাইগী পাঙ্গল ফুদোককম লৈতে ; লাই অত্ন নঙনা তেংবানবা ওয়বা যাদে। মৈদা ইকপা য়োৎনা ৈশংগী হেম্না শাবগুম ; হুমিংকি মঙাম্না হুংশেন্দা তারগ', হুংশেন্দগী অমুক থোরকপা মঙাম্না হুমিংতগী হেম্না মিং থকপগুম, লাইগী ঙান-থোরকপা মঙান অত্নুনা ; তেংবানবদা তারুপা হেন্না থোয়না ফুদোকই। হেম্না থোয়না ফুদোরকপনা তেংবানবদগী "তাইবংপান" ( animated world ) থোকই।

লাইনা তেংবানবগী রাংমদা অতোং-অবেম লৈবগা লাইগী মঙন ( ফুদোকপা ঙম্বা ময়ায়-পাঙ্গল ) অত্নুনা তেংবানবদা তাত্নুনা ঙাম্মোকইবা অত্নবু উমং-লাই ( ঈশ্বর ) কৌরে। উমং-লাইনা তাইবংপানবা শেম্মে। মানা শেম্বা তাইবং মরোং খুদিংমক্তা মাগী মঙম্না চংত্নুনা লৈ ; চংত্নুনা লৈরিবা অত্নবু য়ুম-লাই (আত্ম) কৌরে। মতৌ অস্নুম্না মীতৈগী রাঙ্দা ( philosophy ) লাই, উমং-লাই, য়ুম-লাই ( ব্রহ্ম-ঈশ্বর-আত্ম ) অত্নুম থোক্না থংনরে। উমং-লাইনা থক্ক কাপ্রগা লাইগা মশা অমতা ওয়থ্রে ; থাদা কুমথরক্লগা য়ুম-লাই ওয়রুনা ময়াম ওয়রে। তাইবং খুদিংমক্তা ( individual ) চঙাগা য়ুম-লাই সনামহী কৌরে ; তেংবানবদা লৈরগা উমং-লাই লোয়ায়েন কৌরে। পুমচিং চিংবিনথিবা (equilibrium) মতমদা লাই মতোনদা ডায়রোই।

ওয়রিবা পুন্নমক অসে, অনিংবা অমনা থৌরম ওয়চনা থৌদনদি করিগুম্বা অমতা ওয়বা য়াদে। ( No event can occur without having a definite cause behind it—Law of causation )। লাইনা তাইবং শেমগে নিংচুনা মন্ডিক-মণ্ডন খিংদোকখি (ফুদোকখি) মন্ডিক-মণ্ডন অচুবু—শকোক-কংলৈরোম্না, সোরারেন-শিদবা, লৈমরেন শিদবী কৌচুনা অনি তুগা,রাগা ওয়হল্লে ( পুরুষ-প্রকৃতি )। তুগা, রাগা পুনবা মকম অচুবু শকোক কংলৈরোম্না "ফু-হীং" কৌই। ফু-হীং য়াহৈদি — "ফু"—মওোম্না করিগুম্বা থর লৈবা য়াবা মরোং ( form ) অমা,+হীং—অচংবা ওয়রিবা ( Alive ) অচুবু ফু-হীং কৌই। ফু-হীং অচুগী মপুংফাবী সনামহী কোনশেং-তুরৈ-শেংবা পোকখি। সনামহীবু মপাবুং সোরারেন্না মমিং ফু-হীং-শি থোনখি। সনামহীনা মপাবুং সোরারেন শিদবগী য়াথং মতুংইন্না তাইবংপান শেমখি; সোরারেনগী মমি য়েংচুনা তাইবং মী শাখি। সোরারেনগা লৈমরেনগা পানচুনা পাথংবা পোকখি পাথংবনা য়েক তরেৎ পোকখি। পাথংবনা মপাবুং কানথোং কোয়চুনা কখাল কংখি; সনামহীনা লোংথোং কোয়চুনা য়ুম্থুম থুদিং নিংথৌ ওয়খি। সোরারেন শিদবনা, তাইবং সম্নবগীদমক সনামহীদা শারোন লৈমরেনবী ( লৈমরেন হাইথবী; অপরা প্রকৃতি ) পিরম্মী সনামহী য়ায়রেনগী মুংশি মিংয়েং মুংদগী শারোন লৈমরেনবীগী মুংশি মরোন হুনখ্রে তাইবং সম্নবগী।

মথক্তা থজিক্তং লোথংলিবা শকোক-কংলৈরোনগী লাইয়া রায়ী অসিগী লাখুন ( Significance ) মাংখিদনবগী হায়চুনা মীতৈগী য়ুম্থুম থুদিংদা সনামহী অমসুং লৈমরেন ঈশ্বাইকু লাংজি। লাংতবা কনাগুম্বগীসু খুভমতদি য়াচুনা থম্মী। খুভম য়ারিবচুমক লাংপনি। ইশ্বাইকু লাংপা হায়রিবা ঈরাং-থৌ ( Rite ) অসিনা

তাইবংপানবনে, ভেংবানবনে, লাইনে অহম্মকী ভংনদবা মরী অছু তাক্লী। মকমদা মতম্মা উংলিবসে, মসিবু থোবা থোরম অমা শোয়দনা লৈ। মকম মতম থোরম ( Space-Time-causation ) অহুম অসিগী লাংলোনা (Net-work), মশক লাকথমরবা মপান নায়দনা ফুম্মা লৈবা লাইগী শরুক মরিক অমা হেক্তা কায়। মকম মতম থোরম্মা লাইগী মরিক অমা হেক কোনবদা মরোং হেক্তা নায়রকই। মকম-মতম-থোরম হায়না শিজিন্নবদা য়াওরিব থোরম অসিদি—থবক অমা নত্রগা থৌহে অমা পুথোরকপা থোরমনি। ( the efficient cause ) মকম-মতম-থোরমনা কোল্লিবা লাই অতুনা অহানবা থোরম ( the first cause ) নি।

মশক মরোং হেক নায়রকপদা, মরোং অতুনা তুংতিবত্থ মকমদনি' লৈরিবনা মতমদনি। পোং অতুদা লৈরিবা ময়ায় অতুনা লাইগী ময়ায়নি। ময়ায় হায়রিবা অসিদি, পোংশক লৈতনা ফুদোকপা ওমদে। অতুনা লাই হায়রিবসি মরোং শক্তম নায়না লৈ। লাইগী মরোং শক্তম লৈতে হায়রবদি—লাই হায়বতুসু লৈতে। লাই লৈত্রবদি, তাইবংপানসু লৈরোয়দবনি। তাইবংপাম্মা লৈবনিনা লাইসু লৈ; লৈরবদি মরোংসু লৈগনি। কনাগুম্বনা, তাইবংশেম্বা লাই অমা লৈতে মতোমদা শাগৎচরকপা কাঙ্গুংনি। (Mechanism :—Theory of total explanation by efficient, as opposed to final cause ) হায়। ওইহনগে হায়বা অনিংবা অমা য়াওদনা কাঙ্গুং (Mechanism ) দগী, মতোমদা ওয়রকপা ওইরবদি—কাঙ্গুং অতুগী চাথোক ওয়রিবা তাইবংপাম্মা অনিংবা লৈরোয়দবনি। তাইবংপাম্মা অনিংবা হায়ব'মা লোয়নরিবনিন্না ; তাইবংশেম্মগে নিংছনা শেমথিবা লাই অমা লৈ হায়বসি, য়াদবা

ওমদে। লাইগী মশক মরোং অকক্সবা অমতদা লৈতে হায়বদি চুম্মী; মশক মরোং নায়দে হায়বদি লাল্লি। পান্দম অমদা— ঈশিংনা চাইশেন্দা তুওওগা চাইশেন মরোংনি; সনাপুন্দা তুওওগা সনাপুন মরোংনি। মপান নায়দবা অহাংবসিদা য়ুম শাতুনা কল্লাং খাজিল্লগা কা হায়বা মরোং অমা নায়। অতুগুম্না লাইনা চঙাবা মরোং অতু লাইগী মরোং শক্তমনি। পান্দম অমদা—ঐখোয়গী ইখোল হায়রসি, ঐখোয়গী লৈপাক হায়রসি ঐখোয়গী ইখোল হায়না থংনবা, রাপল-উপল অমসু শম্মন্না কোয়শিনবা মরোং অমা নায় লাইদি শিনথুংনা লৈবনিনা—ইখোল মরোং লাকইবা অতুসু লাইগী মরোংনি। অতুগুম্না ঐখোয়গী লৈপাক হায়না থংনবা অভি-য়ানা খৈথিবা মরোং অতুসু লাইদি শিনথুংবনিনা লাইগী মরোংনি। মসিদগী মীতৈনা খঙি—মরোং শক্তম হায়বসিমক লাইগী মরোংনি।

মরোং অমনা কনশিল্দুনা কোল্লিরা মকম অতু লাই লৈ, মরোং অতুমক লাইগী মরোংনি হায়বা থংবদগী, লাইবু ঈরাংপদা, পুক্লিং লাইনিং মুণ্ডায়নবগীদমক, ঈশ্বাইফুদা লাই লৈহল্লগা ঈরাংলি। ফু (চকু) অমা খিল্লগা' ফু অতুনা কোন্দুনা কনশিল্লিবা "অভিয়া মরোং শক্তম' ( অবচ্ছেদ or Determination ) অতুবু "ফু অভিয়া" (ঘটাকাশ ) কৌই। ফুঅভিয়াগী মকম অতুদা "ফু-হীং শি" কূটস্থ নত্রগা the Supreme Soul—বেদান্ত ) লৈ। ফু অতুদা ঈশিং খাইচোম্না হৈরে, মমিং ঈশ্বাইফু কৌরে। ঈশ্বাইফু ঈশিংদা অভিয়াগী মমিঙারে, মাতুবু ঈশিং অভিয়া (জলাকাশ) কৌরে। ঈশিং অভিয়া অতুদা লাইগী ময়াম অতু হিংহুনা লৈ (জীব)। মথক্কী ফু-হীং-শিদি তাইবংপানবগা মরী লৈনদে।

মখাগী হিংচুনা লৈরিবা অহিংবা অতুদি তাইবংপান্দা মিত্তাই। ঈশিংদি অতিয়াদগী চুরকপনি; অতুনা মিংনা উত্রবসু অতিয়াদা ঈশিং লৈ হায়না লাকশিনবা ওম্মী ঈশ্বাইফুদা লৈবা ঈশিংদা অতিযাগী মমি তাবনিনা; অতিয়াদা লৈবা নোংগী ঈশিং অতুদসু অতিয়াগী মমি তায়। মাতুবু নোং অতিয়া (মেঘাকাশ) কৌই। নোং অতিয়াদা উমং-লাই (ঈশ্বর) লৈ। ওমখৈ নায়দবা নোংওদোন অতিয়া হায়ব'মা লৈহৌরি; মাতুদা লাই (ব্রহ্ম) লৈ। উমং-লাইনা তাইবং শেম্মী; লাইনা অত্তোং অরেম লৈ। মরোং অমনা কোন-শিন্দুনা কু-হীং-শি কোতুনা তোঙানবোয় নিওম্বনি, মরোং অতু মাংখিবদা লাইগা মশা অমতা ওয়খি। উমং-লাইনা শেম্বা তাইবং অতু তাইবংনা চাতুনা হিত্তি। মত্তৌ অসুম্না লাইগা, তাইবংগা তংনদবা মরী অমা থাত্তি।

লাই লৈ, লাইগী মরোং শকুম নায়, লাইদগী তাইবংপান থোরকই, লাইনা তাইবংপানদগী তোঙাম্না লৈরবসু, তাইবংপান্দি লাইদগী তোঙান্দে হায়বা তাক্লনবগী মমক লৈমরেন ঈশ্বাইফু লাংপা হায়বা লাইখৌ অসি মীতৈগী লেম্ফুদগী চোংথোকখি। ঈশ্বাইফু মঙুংদা লৈরিবা কু-হীং-শি হায়রিবসি সনামহীনি। অতুনা ঈশ্বাইফু লাংপবু সনামহী লাংপা হায়না খংনৈ। লাইনা পুমখং খত্তি। লাইগী অখংবা অতু উমং-লাইদা ওাম্মোকই। উমং-লাইগী মঙান অতু য়ুম-লাইদা তারগা য়ুম-লাইনা নিংসিংই (কুটস্থ চৈতন্য—বেদান্ত)। য়ুম-লাইনা নিংশিংতুনা অমুক ওাম্মোকই। নিংঋিংবদগী ওাম্মো-য়কইবা মঙান অতুনা অহিংবদা (জীব) তারে, মাতুবু ওাম্মোক্লবা (আভাস চৈতন্য—বেদান্ত) কৌই। মাতুবু মীতৈনা পাখংবা কৌই।

অহিংবনা হিঙি হায়বা খঙকপা মতমদা খঙিবা অহুবু, আভাস চৈতন্যবু, পাখৎবা কৌবনি। মীতৈনা, ঈশিংদা লাইগী হিংহনবা ওঙ্গা ময়ায়-পাঙল—অহিংবা অহু লৈ হায়বা খংহুনা, ঈশিংদগী লাই লৌখৎলি। মসিস্তু মীতৈগী তোপ-তোপ্পা ঈনাৎ অমনি। মীতৈনা ঈশিংদগী লাই লৌখৎলিবা অসিগুম্না কনা অমত্তনস্তু তৌনদে। মসিমক্কা মীতৈ ঐখোয় পুম্নমক্কী তোপ্পা ঈরুপ অমনি হায়রহুনা ময়েক শেংনা তাকই। ঈশিংদগী লাই লৌখৎপা দর্শন (রাঙ্.) অসিদি খমথেংনা রাংবা থাকনি। অহুবু হৌজিক্কদি মীগী ধর্ম্ম তাঙ্.বদগী মীনা তম্বীবগুম থোকলে। নত্তে, ঐখোয়গী ঈপা ঈপুনা খঙ্গীরম্বা রাঙ্.নি হায়না হৌদোকউবদা, খাজদবনা শাওনরে। চনিং তানা অমুক্তং খঙ্কবিহুনা, কুপ্পা অমুক্তং রেংশিনবিরবদি— শাওনবা মরমদি ইলৈ লৈতবনি। অমোৎপা-অকাম্বা চিংখোরক্লবদি —সভ্যজগতকি মমাংদা ঈকায়নিঙায়, শাওনিঙায়নি। অরুবা, অরাংবা থাক্কী দর্শন লৈরমহুনা চিংখোরকপদি—অমনাবু চিংখোরক্লবস্তু মীতৈ পুক্লমক্কৌনি।

মীতৈদি য়ুম-লাই সনামহী লাৎলি। য়ুম-লাই সনামহীদি সুমিৎনি হায়না মখক্তা হায়থ্রে। মীওয়বনা হিংহুনা পানবদা সুঙায়-নবা শিজিন্নরিবা মতম অসিদি সুমিৎতগী পোকই। মীওয়বনা শিজিন্নরিবা মতমগী মপুম কাবা মশক্তি চহি কৌই। চহি অমগী মসুংদা চাননবা হী (অচাপোৎ) শুনা কঙি হায়রহুনা, মপুম কাবা মতস্তু চা+হী=চহি কৌবনি। চেল্লিবা চহিনা মপুম হেক কাবদা, মতম পুম্নমক্লা চহিদা পুক্লপ তিল্লি। মাহুবু মীতৈনা মতস্তু লাইনি হায়না নিংবদগী লাই-খুন্দিল লালুপ কৌই। হায়বদি চহি অমা কৌবা মতম অহুদগী মিকুপ অমা কাওবা চিংখদরে হায়বনি। লাই

খুন্দিল লাল্লুপ অসিদি চহিগী অরোয়বা নোংম্বাইদনি। তুমিং অসিদা মীতৈগী য়ুম্নুম খুদিংদা য়ুম-লাই সনামহীদা অথেন-পোৎ কৎলি। নোংঙাম্লগা অনৌবা চহিগী অহৌবা তুমিংতা, মতম্ পোকইবা সনামহীবু মীতৈনা ঈরাৎ তৌই। ঈরাৎ-থৌ অসিদা লৈমরেন ইশ্বাইফুদা ঈশিং শ্বাই চোম্না হাপতুনা ঈরাৎ তৌই। মাসি চহি অমগী শরুক তৌরবা ঈরাৎনি। মসিবু শজিবু চৈরাওবগী লাইথৌ কৌই। চৈরাওবগী লাইথৌ অসিদি অপাকপা মিৎয়েংগী লাই-থৌনি। মদুদি—কোম্মোংদা চাক থাবা হায়বা লাইথৌ অদুনা অপাকপা মিৎয়েংনি হায়বদু ঙাকই। কোম্মোংদা থাববু লম-লাই থাবা কৌই। মীতৈনা মকম অমসু মতমদগী তাইবংপান ওয়-রকপনি হায়বা য়ুম্না খংদুনা, মকম মতম অনিমকপু পুম্না লম-লাই কৌই। মকমগী অথিংবা লৈতনা শম্দোকপ্রিবা মতমগী তৎনবা লৈতনা শাংথপ্রিবা মপান পোৎলোম নায়দবা ( Infinity :— An endless extent of space, Time ) অদুবু ঈরাৎপনি। ( তেংবানবগী মমারেন বিশ্ব-প্রকৃতি ) ঈরাৎপনি। বিশ্ব প্রকৃতি ইরাৎলবদি—মীতৈদা বিশ্বপ্রেম কাওই হায়বদু তাকই।

ঈশ্বাইফু লাংপগী থবক ( অধিষ্ঠাত্রী ঘট স্থাপন ) অসি, থংদ-হৈতনদি য়াদে। লাইনিংথৌ, লাইরেমা ( ঈশ্বর-ঈশ্বরী-নত্রগা পুরুষ-প্রকৃতি ) গী মতিক-মঙল খংবা মীবু ; পী, পা, মশক খঙি হায়বদগী পীবা হায়না খংনথি। পীবানা ( family-priest ) য়ুম-লাইগী লাইথৌ তৌই। শাগৈগী ওয়না লাই অম্না লিংখৎতুনা লাংলগা, শাগৈগী পীবানা লাইথৌ তৌই। শাগৈ অদুগী মতুংদগী অতৈ কনাগুম্বসু লাই লিংখৎ লিংখৎতুনা লাংচবা য়ায়। মাসু, মানা লাংচরিবা লাই অদুগী লাইথৌ

পায়বা য়ায়। মাবুনা, শাগৈ পীবাগী মথাদা পু-পীবা (home-priest) হায়না খংনৈ। মাসি হৌজিমক চংনরিবা মীতৈ ঈনাৎ অমনি।

উমং-লাইগীদি লৈবাক-নিংথৌনা মথক খংহুনা হাপ্পা—অমাইবা-অমাইবী (Temple Priest)না তৌগনি। লাইথৌ—ঈশ্বাইফু নত্রগা ঈরাংফু লাংপগী থবক্ক, খংদ-হৈতবা মীচয়া (Laity) তপং-তপংনা তৌশিল্লবদি—অঙাংনা চাকথোংবী শানবগুম্বনি খংদ উদনা তৌশিল্লবদি—লাইদা কৎনবা ল্যাংঙিব পুন্নমক অতু খোংবাম্বা হৈদোকখিবগা মান্নে; অচা-অথক অতুনা ময়াম য়েন্নহুনা চাথোকপতনি; লাইগদি করিসু মরী লৈতে। ইরাংফু লাংপগী লাইথৌ তৌরিবা মীহুদি—ঈরাংফু নত্রগা ঈশ্বাইফু অতুগী মনুংদা লাইগী ময়ায় পাঙ্গল অতুনা শিনথুংবা অমা তৌরিবহু মা উগদবনি, অমসুং তাকপা ঙমগদবনি। তাকপা ঙমত্রবদি মা খংত্রি, উত্রি। মানা তৌরিবদো লাই মীনম চাবনি। লাই মীনম চারবদি, লংজবগী ঙেকচাক লাকনি তপনা তপনা। হু° হাযরিবা ঈনিন (প্রণব) অসিগী "অথুপ্পা-লীথুন" (mystic) খংদনদি লাইথৌ তৌবা য়াদে হ, উ, ন,, অহুম অসিনা হুন-হুং থোকখিবনি। মঙাং, মুরাং, খুমন অহুমক লাক্রদোরিবনি। বেদগী—অ, উ, ম, অহুম্না ওম-ওঁ ওয়খিবগুম্বনি। য়াহৈ খরতনা কোংদোকপা ঙমদবা অচৌবা মতাং অমা ওয়বনা পনজত্রে। মাগী মরমদা লাইরিক অমা থোক্লবা তৌজরি।

---

ঈশ্বাইকু লাৎপগী (অধিষ্ঠাত্রী ঘট স্থাপন) রাকম অসিদি, মীতৈগী লৈমরেন ঈশ্বাইকু লাৎপগী রা ভাকুস্নু নত্তে। হৌজিক মক্তি হিন্দু ধর্ম্মদা, য়াওবা হায়গত্রা। তাংবা হায়গত্রা। অমা ওয়হুনা লৈরিবা মীতৈশিংবু, "বৈতরণী" কৌবা তুরেল (the river of hell) লংজ-ঈপাক অহুদগী লানবিদোরিবনি হায়রিবা, বর্ণধর্ম্মগী মীতৈগী ঐগা (অজ্ঞ) বামোনশিং ১০০গী মখুংদা কায়রানা ওঁ (প্রণব) অসিগী অথুপ্পা-লীথুন (নিগূঢ়ার্থযুক্ত) অমা লৈরিবহুবু খঙমগদগে হায়বহু, এগানা হায়রগা লোয়রে ঐগানা ঐখোয়গী পুম্নমক্কি "মানিংদে গুরু, পুজিংদ দেবতা" হায়বা গুরু ভাষা অসিদা শেঙাবা পুক্চেল অমা হাপহুনা ধর্ম্ম জগতত্তগী রাইশংনা ঈশা কোয়্না লৈবিরিবা ঈবুঙো ঈবেম্মশিংনা থিজিনবিবস্নু মকায়্নগনি। ঈশ্বাইকু লাৎপগী লাইথো (rite) অসিদি—মীতৈগী লৈরক খুদিংদা, য়ুমথোং কয়াদা মামং "শনি নরান" কৌহুনা চয়োল অমদা অনিরক কোয়না চংলিবান মসিদা ঈবুঙোশিংনা —শেঙাবা, ফজরবা রাপু অমা পুবিরি—ঐগীদি লাইদা পুক্লিং শেংনা কৎচপ্রবন; লাইনা ভুরমগনি। বামোন্না লাম্না তোরম্নবস্নু মাক্নী ধর্ম্মনি হায়হুনা সিৎ নাম্থোকপি। বামোন্না ঐখোয়গী ফত্তুনবা লাম্না তোশিল্লমগনি হায়বগী রা নত্তে, হৈতহুনা শোয়রবদি হায়বা রানি শ্রুতি কৌবা লাইরানা—"বৃথা প্রযুক্তঃ য বৈ বাগ্ বজ্রঃ যজমানং হিনস্তি।" লাইরা হায়দোরকপগী রাহৈ ঈনিন অহু চুমপ্রবদি রাহৈহুনা নোংমৈশিংজং ওইহুনা, য়ুম্নুগীস্নু শোনবিরিবগীস্নু অনিমক্কী মাংথিন্নৈ হায়রি। ঐহাক্না উকিল হৈতবা নেকউত্তনা রাথোকপদা মীনা ভমথ্রগা, উকিলনা শিংবিউ য়ারোয়। ব্রাহ্মণ পণ্ডিত নেকউরগা দক্ষিনা রাম্নী ঐগাত্তোনবু অসুম পাংনবা

তৌহন্নগে হায়বগী অশেংবা পুক্নিং অহুম্ লাইনা উই।

অথং অহৈনা থুনিংহুনা লৈবাক পানবগী য়ারোন অমা থুওারবা মতম অসিদা, কাংলোন হুক্তনা (অবৈজ্ঞানিক) লাইথৌ তৌশিনবদগী নহারোম্না থাজখিত্রবদি লৈবাক পুন্নমক্কী ওয়না মাংমিগ্নে। নহারোল মীরোন অমনা থাজদবা পোকপ্রবদি, নোংমদি লৈবাক অহুমা পুলপনা থাজরক্তবা য়ায়। থাজদবদগী মাহুগী মরমদা তমশিন্নুবা, অমসু মতিক চানা তাকপি তিকপিনবসু লৈরক্তবা য়ায়। মরম অসিদগী ভারতকি অফাওবা পণ্ডিতশিংনা অসুন্না হায়রি—লাইথৌ তৌবদা মতিক চাবা অমাইবা নত্রগা পাবা অমনা য়াম্না অথং-অহৈ হায়বহ্ ওয়গদবনি (A qualified priest should be a man of general culture and should be able to explain the significiance of the ritual he conduct's and point out its vital connection with the philosophy of Hinduism.)। থংদ-হৈতবগী মথৌ শুনং নত্রবা, লুম্ববা লাইগী থৌরম অসিদা, লাইরিক মরেক নিংখিনা চংতবা, উচ্চারণ, চুমদবা লাইরা লীথুন (অর্থ) থংদবা, মীমাংসা দর্শন — পূর্ব্ব মীমাংসা অমসু উত্তর মীমাংসা থংদবা মীশক্স মতৌ করম্না ঈশ্বাইফুদা লাই কৌশিন্নুনা লেংশিনহনগদৌরিবনো? বিচার তৌবিউ লৈবাক্কী ইবুঙোশিং!

হং

সনামহী ঙোবরেন

ফু-হীং সনা লাইজরেন,

সনা কম্বাল মহীরেন

ফু-হীংশি সনা পীবারেন ॥০

